# ''হনুবিদ্দো''



অঙ্কা :

সরত সলাম

শকতম লাংবশিং :-

১। য়াইমা সিংহ (চহি ৪৮ সুরবা)
২। বীনোদিনি দেবী (য়াইমাগী মুপী চহি ৪০মুক সুরবা)
৩। বোইনাও সিংহ (চহি ৯মুক সুরবা; য়াইমাগী মচা নিপা)
৪। বীনা দেবী (চহি ৩০মুক শুরবী)
৫। মোমোচা সিংহ (বীনাগী মচা চহি ৮শুবা অঙাং)
৬। তোম্বা সিংহ (পাখং)
৭। লৈবাকলৈ দেবী (চহি ৭০ শুরবী)

## অহানবা শিন

মতম :- অমুক অতবা মতমনি,

লাইমিংবশিংগী কাংসি রৈরকই ।

বীনোদিনি :- ( মচাশিংবু হৌদোকই. ইশৌ লাংনা রাডাং কাম্না)

ইচাশা নখোয়বু হৌখৎলুনে মতমদি আঃ খোংবগে ।

নখোয়না হৌজিককাও তুমহনা লৈরি মীগী মচাদি

লাইরিক পাখিবসে তাজা ?

মোমোচা :- ( লাইরিক পাই ) Obey your parents ( মমা মপাবা হায়বা ইজু )। Go to school in time. ( মতম চনা স্কুল চৎলু ) Always love your friends ( মরূপ মপাবু মতম লৈবা থিবিঙা নুংশিবু ) ? Do not ( don't) rebake him. ( মাবু চৈগনু ) ।

Never tell a lie ( মীনবা বা কৈদৌউভদন্নু তাংগনু ) ।

বীনোদিনি :- ( চিন থিবা নুপি অমনি ) বোইনাও নখোয়বুনি ঐনা হাংগিবসে, মীগী মচা মোমোচা অসিনা কয়াদা লৈতোনু শেংনা লাইরিক পারি ? অতুগা নখোয়না হৌজিক কাওবা হৌরক্লি । ( মরক অতুদা কার হোরোন খোংলকই, অমুক ওয়া মী

" নচুবীদো "

C.M. উমনি হায়চুনা চংখিবা হনলকই ) ।
নখোয় পাবুং দাক্‌ : লাইরিক্তো। য়েংজৌ C.M.
উমনি হায়চুনা চংখিবনি । মখোম্‌ পাবুং, চা, লৈরে !

য়াইমা :- C.M.গীদমগী থক্নবনি নত্তগীচুস্‌ হাপ্‌তং থক্লগে ।

বীনোদিনি :- নবেল্‌গী চাপে, ইখক থকত্তবদি ওমদেনে ।

য়াইমা :- ( মোকফেৎ তৌবা ) অচুনবু মখোয় মমা হাই-
রিবনি । ( নোকদুনৈ )
অঙাংশিংবু লাইরিক পাহ্নরিবরা ! ঙাইহাক লৈরবদি
School মতম য়ৌরক্লনি অঙাংশিং থিনবগী ও'তা
হায়বসু থা কারমজনি ।

বীনোদিনি :- থাবুদি যুরবনি অচু ওইরবসু মোৎমা নিনিদি
ঙাইশনু । থা হেক কানগা পীবা ওমপোৎ নত্তে ।

য়াইমা :- অচুবুদি সরকার ললওবা নোংমা নিনি ঙাইনরিবনি ।

বীনো :- নচাশিংসে নোংমতা লাইরিক লাইসু ক্ষমহনগনি খংদ-
। অঙাংশিংসিগা শান্নবদা লোইনা মাংলনি ।

য়াইমা :- নংগী নচাশিংসু থরা লম-হেল্লি য়েংঙু নঙসু
ঐখোয় তোপক্কি অঙাংশিংসে নোংমতা ঐখোয়না
শান্নরক্রা য়েংঙু স্কুল হেক হনলকপগা কাদা চংহুনা
লাইরিক পাই ।

বীনোদিনি :- মী-মচানা ঐ ইচাদগী হেৎবা নত্তে !
ঐগী ইচাসু মমা মপা ঐখোয়না হায়বা ইনঙ্গবা
মচানি ।

থাইমা :- মচা কহবা হায়বগে মমা নখোয়গী শ.কমীকো !
ঐ.দিনে হায়বীদে 'হায়ব্রি ।

"২সুবা শিন"

মু শিবা ' মিউজিক

থৌনা :- ( ইংখোলগী থবক সুনা মচাবু কৌই মোমোচা;
মোমোচা,

মোমোচা :- ( লাইরিক পাকম কাদগী ) ইমা ঐবু কৌবিব্রা.

থৌনা :- নংবু লাইব্রিক পা রিব্রা ?

মোমোচা :- হোই ইমা । ঐ লাইরিক পারি ।
( মুল মতম ওইরকুনা ওক্তো ' 'পারি লাকই
হোরোল খোংই ) ।

তোম্বা :- ( ওক্তো খোবা মী ) মোমোচা নংবু কোইক্রিব্রা ?

মোমোচা :- কাকা, অাঃ মখোয়গী-মেমিচাম্বদি কৌকয়বরা ?

তোম্বা :- কৌরক্রে ।

মোমোচা :- মেমিচাদো য়াম্না সুংশিকো কাকা । মখোয়
মমানা হায়রিবা ঐবু শনীকাকা য়ানলবদি য়াম্না
সুং শনি হায়রিবা ! অদুগা ঐখোয়গী অবাংগী ইমা-
খাকসিনা হায়রিবা, সনা য়াম্দবা মীদি সুংশিদে...
সনা শিংব অতাংকি মখোয়দা শামবা লাককছু
হায়রিগা।

তোম্বা : কি শেংচনলোনে নুঙবু থেংজনি ।

মোমোচা :- ইমা ঐবু ( রা মখা তাংদনা মমাবু য়েংছনা লৈ )

বীনা :- ঐবু কম্রি হায়গদৌবনো থংল্রে ।

তোম্বা :- ইতৈমা, অঙাং হাইবসে অপেংপা লৈখোমগৎলনি হাইনরিবনি । নৌস্রিতৈ মতমসিদা থরা শেণ্ডী হৌত্রবদি, হয়েং মখোয়না চাওরবা মতমদা মমা মপাবু চৈদুনা মমিত্তা মপি তাবকখনি ।

বীনা :- মচাবু কহনিংদবা কনাবু লৈবগে ।

তোম্বা :- ইতৈমা, সনা লুপা পুরমক অরেম্বনি ইপেশাদি তানলগা ফংবনি । মাংখিবা মীওইবশি মতমদি পৈশালা লৈবা ফংদবনি ।

মোমো :- কাকা চৎসিরা ?

তোম্ব :- ইতেমস্থ উরমলনি, শোল্লবী মশা ফাওবা চুমা চৎচবা হেমচত্রবী ইমা কয়া । লৈশাবী, কয়া নৌস্রিবী মৌ নহা কয়া হুং হোল্লি, হুং থুগায়রি চেক শাবা য়াওরি । নোংমগী চন্না অমগীদমক, পিক্রীবা মচাগীদমক ।

বীনা :- ( মথত্তা শোনজৈ ) করিগী তারক্রী মিংকী পি নওসিস্থ ওন্থোক্লা ইকায়বা থংদেদা ।

মোমোচা :- কাকা লোইরে চংসি । ইমা ঐ হোরেল চাক লায়গা চানবা লুপা অমত্তা পীবুবা ? ( মমানা মপি তৈথেকপন্থ উবদা ) কাকা, ঐখোয় ইমাসে কপলে ঐ School চংসারোই ।

জোম্বা ঃ- অহ্ য়াদে মোমোচা লাইরিক তম্বা তোক্লবদি অশিবা মীগুম্বনি ।

বীনা ঃ- মোমোচা,

তোম্বা ;- কাকা পীয়গে মোমোচা চংশি থেংলে পুং আঃ মৌথ্রবনি । মেমিচাসু লৌরুদ্রিবনি

( গারি অহু হোরোপ খোংই ) ।

" তমুবা শিন "

বীনো দিনি ঃ- ( য়াম্না শাউনা ) মুমে থগৎবা.অদম্বা মুংথাই-রোইদৌরিদা । য়েন অশিবু কনাগীনো ঐ.পোৎ চৈ থৱা থারিবসে লোইয়ে খোংতোকপতা । নখোয়-গীশিবু থৎনবা হৌরিবৱা ? মরম মোকপি বীনা ইকায়বা থৱা থংদে ।

বীনা ঃ- ( য়াম্না তপ্পা ) ইচে, অতাংনা মচিওইবাক পীজবদা নাইবাকথমজে । ঐনা ফাজমংমথু হাইখিবনি School থেংলে হাম্না চংথ্রে ঐ ফাজনলগে !

বীনোদিনি ঃ- ঐখোয়মুনে য়েন লোইবলে হৈবা জাংনি । পৈশা ফংই হাইবসে ঐখোয়মু থওই । য়েন কোইগে থল্লবদি, মীয়া তাদনবা । পৈশা ফংবগীতা খনগদু মচিজাক লৈয়ু ইবেম্মা থৎনবা পামজদে ইচিন ইনাও গুইবদা ।

বীনা ঃ- থৎনবা হৌবা নত্তেদা ইচে ঐগীসু পোৎ খোংলিবনি ।

বীনোদিনি :- ইবেম্মা, নঙগী নংপোক্নি শাউনিংলম্মোই।
ঐগীদি ইপোৎনিনা য়াম্মা শাউনিংই য়ুম থংনরগা অচুম্বা তৌনরোইসিকো ?
( মতম অমুদা য়াইমা : হনলকই কার হোয়োজ খোংলকই ) ।
ঐখোয়গী য়াম্মা হৈ শিংবা মীনি, মীনা হেনজনবা য়াবা বীনোদিনি নত্তে।

য়াইমা :- ( খৌদেমই ) আ — ... হু ... ... হু .. ..
কনাগনোনে বীনোদিনি নঙগা লাওনরিবহুবু ?

বীনোদিনি :- ওহোম্মা হুংজাইরোইদৌরি য়ুম থংনবা।

য়াইমা :- নঙনা থংনরিবদি বীনাগা ওইরে !

বীনোদিনি :- মাগা নত্রবদি কনাগা ওইনি।
হৈ শিংবীসে ??

য়াইমা :- ওাইখোনে নঙবু ? কল্লি মরমগীদো নংনা অচুক য়াম্মা শাওরিবহুবু ?

বীনোদিনি :- থংনবা হৌরিবহু ওইবা মানে য়েন ময়াম থাদোকুনা থাম্বিবা পোৎথৈ লোইরপোৎনি।

য়াইমা :- নত্তে মাগী থদোকে হাইহনা থাদোকপদি ওইরিরোই নহানথৈগী অমুক্তা উদে

বীনোদিনি :- মুংত্তিগীবু ওইরবদি তিন হিদাক পীজহনা হাংজোক্লেকনা।

য়াইমা :— ঙাইথেংনে নঙবো ! মোমোচা অসিনা মেনথরা লাইজন্না লাইরিক তমজরি । মমা অসিনা চানববু হোৎনগদ্রা মচাশিংগীবু লাইরিক তম্বা হোৎনগদ্রা । মমৈ মকোক থংদবা মথৈ হোৎনরি । ঐখোয়না মতেং পীহনা ঙমবসু নত্তে ।

বীনোদিনি :— করিগী মতেং পীদোরিবা ? নংবু নচা শেঙ্বা লোইরয়ো ?

য়াইমা :— অহুসু য়ে দগা য়াদেনে, মঙোন্দগী ঐখোয়না ফংরিবা । ইনাও তোম্বা অহনা থবক মচা অমা তৌরম্বগী পেনসিন ফংলম্বা অহুসু নিংথি মুংঙাইনা থা অনত্তা ফংদে । মানা য়াওজরম্বা লাইপ ইন্সুরেন্স অহুগী পৈশা অহুসু নঙনা লোইনা লৌথোকপি মাদি লাইরিক হৈতবানি করিস্ত থংলোই হাইহুনা নংনা লোইনা লৌথোক্কনা শিজিন্নরে ।

বীনোদিনি :— ওঃ ইবুঙো, হৌজিক্তী মীগী চাকথাউ থদংতুনা চাগদৌবনি অহুগতা মী ওইগদৌবনি । পৈশা নত্তনা অতৈ মরুপ অনত্তা তিংবা য়াদে মাই পাবুং

য়াইমা :— ( নোকনিংনা ) সমাজ অসিগী মীনি হাইবদা মতিকতি চায়রে হো মমা নং ! অহুব ইচিল ইনাওগী চাকথাউ মুনলবদি ঐখোয়বু মীওইবা সমাজনা থাগৎ নরোই । অহুবু বীনো, মতৌনা হাইবদা ঐনা য়ানিংবা

বীনোদিনি :- ওহোয়া হুংশিশ্রেদা কনাগী মচা মসু ওইহিগবা।
য়াইমা :- হুনিংদবা হুংভাইবা পাম্বা, মাগী মথাদা মী খুদিংমক
লৈইনলিংবা মীওই থরনা থোকহনলিবা থোদোক
রাথোক ভাক্লনি।

## ৪সুবা সিন

### হুংশিবা মিউজিক

তোম্বা :- (বীনাবু মুমদা য়াকই) মোমোচা, মোমোচা,।
মোমোচা :- (ইমুংগী থোরক্তুনা) কাকা কুয়া কুইর
কাকথা ?
কাকপতা থাইবি। হৌজিক লাইরিক বাংলি
হাইবদো কাকানা লৈরক্লবদো চুসুমা য়েংউ।
মোমোচা :- চুমসু চুক্লই।
তোম্বা :- লাইরিক তুরবরা ?
মোমোচা :- সুরে কাকা।
মোমোচা :- সুরে কাকা।
বীনা :- ইবুঙো নও লাক্লিরা ?
তোম্বা :- হোই ইত্তেমা
বীনা :- মোমোচা নও কাকাগী ফিরা থাদনা, লাইরিক
য়েংদুনা লৈরবরা ?
মোমোচা :- ইমা, কাকানা ঐগী লাইরিক লৈরকইবা ইমা।
বীনা :- (পুক্নিং কুপ্পিনা মমিঙা মপি তারকই)।
নও কাকানা লাইরিক লৈরকই হাইদুনা নঙদি হরাওরি!
নও কাকাগী লমনদি শিংলয়োইদবা ?

মে'মোচা :— ইমা,

বীনা :- ইবুঙো বৰিংলমন শিংগনি। ইবুঙোগী লমনসে মপোক থুনিংদা শিংবা ঙমগনি হাইৰা থাজত্রে।

তোম্বা :- হেৰা ইতৈমা বৰিগী লমননো ? ইতৈমা;

বীনা :- লুখাৰী ইসা ইচাদা ইবুঙোগী লমনসে অদুম তোনজনি

তোম্বা :- ঐনং মোমোচাগী অশেংবা কাকা ওইহল্লু তাৰবদি ঙগি ইতৈমনা এবাওধু লংম্না' লৌয়োইকো।

বীনা :- তোম্বা, নহাক শাগে অমদা পোকচৰহল্লু ঐগী অশংবা ইমাইমি' খনলিবনি।

ঙসিগী সংসাৰ অসিদা পোকখিনবা পোকমিন্দবা কাৰিবু লৈৰি ?

তোম্বা :- ইতৈনা,

বীনা :- মচিন মনাও, মমা মচা, কাউবা হাংনৰবা মতম-সিদা অশেংবা অমাখক লৈতেং পাংথোক্লিবা নহাক, মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বৰনা থোজাদৰীবা ওইশনু (পুক্লিং মুংশিনা মপী, তৈথোকই)

তোম্বা :- (পুক্লিং মুংশিনা) ইতৈমা, ঐসু, মনাইৰবা মচানি ঐগীনি হাইবদা কনাসু লৈত্রে। ঐগী পোকফমদি তাম্নবা চাংমা 'অমমগীদি' ঐগী পুন্সি বাৰিসে কনাসত্তা থিগে হাৰমদুগা থনখিবা অদুবু ইতৈমা, নহাকী মফমদদি ইমাগুমনা ঐনুনা ঐগী বাৰিসে লিগে ?

বীনা ঃ- নংদি করিমত্তা হাইদবরা ?

তোম্বা - অদুবু ইতৈমা, ঐদি নোংমত্তা ইপুরা অমদি ইন্দোম-চাবু রারোৌখিদে । ইমা অমদি পাবা মতম চাদনা শিংখিবা অদো নিংশিংদুনা অদুম কপতুনা লৈ । নোংমা সুমিৎ অমদদি ঐবু কুবা য়াবা মখৈ কুরগা চৎলো হাইদুনা খোংগাললী রাংমদা ইম্বোক্তুনা থমবীখি গেৎতো শো লোনসন্দুনা থমখি । সুমিৎ অদো অহিংনি, নোংস্থ য়াম্না কন্না চুখি সুমিৎ অদুদা ঐন্না কয়াদা কপখি মখোয়না ইমুংদা সুংঙাইনা তুমলগা ঐবুনা মপান্দা, থমবীখি । সুমিৎ অদো নোংস্থ য়াম্না কন্না থাক লাওই, নোংলৈ সুংশিংস্থ কন্না শিংলি ।

বীনা ( কপপি ) তোম্বা য়ারে, রারি মথা তারকলম্থ । ঐগী পিশে খিংবা ভমলক্তরে ।

তোম্বা অহিং অদুগী নোং মরক্তদা ঐ সুম চংখি । অদুবু ঐদি য়াম্না কিগবা অঙাং ওইরকখি । সুমিৎ অদুদি ঐহাক অকিবা অমত্তা পোক্লকখিদে । অস্নয়া পঙচংত্তা চংখি, অঙাওবা অমগুম, মতম কন্না চারক থক্লক্তবগী অরাবা অদুনা ঐহাক মকম ইথং থং-হৌদনা তুখি, ঐনা তুরিবা মপাদো হোটেল মমাং ওইরবারে । ঐনা থুরা থরা ভাগ্য তারক্লবদা ইনাক্তা মীরাম্না ঐবু শ্রেংদুনা লৈরমই ।

য়াইমা ঃ- য়াম্না শাউনা ) নঙনা ঙাংলিবদো তাবা য়াদেনে।
মীনা তারগা নোক্নরোইদ্রা ?
কত্তে নঙনা হায়রিবদুবু কনাদনো ?

বীনোদিনি ঃ- ওঃ অদুবুরো ননাও মুপী শক ফজবী অসি খঙলবরা ? নৈশাবী শারিবা।

য়াইমা ঃ- এঃ নিপাবু কনানো (ঙক্না)

বীনোদিনি ঃ- মহেন্দ্রবু বদায়দগী নাতে চাবা নিপা ওইরমগনি।

য়াইমা ঃ- এঃ এঃ

বীনোদিনি ঃ- ঐখোয়গী ফিদা অঙাংশিং থিন্নবা গুক্কো থোবা নিপাদো, মখোয়দা অহুম লৈরে। মখোয় মপান্নদি থংলিরোই। ওফিস চংলিবনি হাইহুনা অহুম চুমথ্রিং চংপ ননা ?

য়াইমা ঃ- (থাজদহুনা, ভুমিম্মা লৈয়ুনহে ! মশা তারগা ফুংঙাইখিরোইনে। বীনানবু অহুগুম্বা থবক তৌবা হেটে।

বীনো ঃ মীগী মবুকপু নংনা থংবীবরো ?

য়াইমা ঃ- নিপা মচাহুম্মু অহুগুম্বা কারনগা থবক্কো তৌরমলে ইনে মাইথোংদো থংজ্রো ?

বীনোদিনি ঃ এ; ঙশাই হুমিৎ চুপ্পা অমা লোয়বান্না হৌজিক্কা চংখ্রিবনি। ওক্কো থোবা নিপাদো ইমশাংকাম্মু লৈরগা পুংইক্কনে।

রাইমা :— ( নোংকক্ষেং তৌনা ) মীনা চম্না পুরকপা ওইরমনি
ছুবেম্মা, নঙসিমা, ভাপ ওম্বোক্লা ফখরে ।

বীনোদিনি :— ঐনা হাইরিবসিনি মখোয় মপা, ইনাও মপা অহুম্ নুংশিবনি য়াম্না নুংশিকম থোকপনি অদুবু নুপী অসিগী লমচৎ অসিদনে ঐ য়েংলিংদবদা লোইরে, নিপা মচা মোমোচা অসিগিন্নু থরা খনবা কৈ । মাদি নহানিনা লৈশাবী শাহুনা মযুম কোক পাম্বোকখরো !

রাইমা :— নংনা খবীরেনে ।

বীনোদিনি :— অঙাং অসে কনাদা তাই লাদা তাই । হাইবদৌনা ঐখোয়দা অহুম তারবা ।

রাইমা :— অদুদি মশানা তাবনি ।

বীনোদিনি :— কাম্বদে মখোয় মপা ঐনা হাইরিবসি, হয়েং শোইদোই ! মপামদনে লৈজরনি । মপামদা লৈরবদি লৈশাবী শাহুনা পাথং মচা অমদা মন্নাইনা মযুম পানগে হাইরবস্থু পানজশনু । অদুনা ইংখোল অসি ঐখোয়দা মিং পান্দবা য়াম্রবনি । মাগী নিপান্থু লৈত্ত্রবনিনা মানা সিদা লৈবগী করিস্থু কাম্বদে, মখোয় মপানা হায়য়ু । মতম থর্দ নপামদা লৈরু হায়রু, অতোপ্পা পাথং য়াম্না, লৈরক্লা চাই !

রাইমা :— মীবু অহুম্না হেক্তা হাইবা য়াদেনে ।

হন্নবী.দা

বিনোদিনি ঃ- ইংখোলচুং আসদদি থম্বাল লৈবা য়াদেদো হাইহুনা হেক্কা হায়গ মহুদা [illegible] থৌগা তাংলগে হায়রিবসিনি।

যাইমা ঃ- (শাওনা) ভাইখোনে মমা নওনা হাইরিবদো লাল-লিনে। মাসু মচা নিপা পোক্লবসিদি।

বিনোদিনি ঃ- অঙাং অসিবুদি ঐখোয়না য়োকপা তারেদনা

যাইমা ঃ- অহুবুদি মশানা তাবনি।

বিনোদিনি ঃ- থওদে মখোয় মপা তুংগীনে থবা খন্নু হক্কে যুমকয় মচেৎ অমদা লৈশাংশা পীরকখিনি। চহি খুদিংগী অঙকপা করোনা হেনগৎলকখিগনি। থবা লৈরম্বদি লৈশা পাইরকস্ত্রু ইংখোল লৈগে কমায়োই মী-শিংদি হাইহ্নিংঙাই লৈজনা হেনগৎলকই। লমদি পাক-খোকশিন্না লৈতে।

যাইমা ঃ- অতুপুদি চুমলিবনি। লৈবাক অসে লৈফম লৈরক্ত্র-হুনা লাল তৌবা হাইবসে লোইত্রবা খানি। মীগী মশিংদি মিৎকুপ খুদিংগী হায়নিংঙাই লৈজনা হেন-গৎলকই। লৈবাকসিদি পাকখোকখিন্না লৈতে, ঐখোয়গী মতমসিদা কাউবা অমুক মায়া মীশিং হেনগৎল-কপগী ম্বাল্লু মামা মোংনবে। কক্কে ঐচা ইমুগী মতম্রদদি করম থোক্লপবা? ।

বীনোদিনি ঃ- অহুননি মখোয় পাবুং হয়েং ইচা ইমুংগী খন্দুনা ইংখোল অসি পুননা য়াল খারিঙৈ অসিদা খ্‌বা নংনবা হোৎনবীয়ু মখোয় পাবুং।

## "ওসুবা সিন"
## ন্নুংশিবা মিউজিক

মোমোচা ঃ- (ময়মগী মুখাঙদা হৈ, লৈ, মুনা থাম্নি ঈশিং চাইবি) (মথন্তা শোনবৈজ) ঐনা থাম্বিনা হৈ লৈ নখোয় অমত্তা শিঞ্জিন্নবকো ঈশিং চাইবীগে সে, হে চন্দ্রা, কোমলা, হৈজাং, হৈমৌ, পাম্বী, নখোয়না মপুং ফারক্তু: না নিংথিনা মহৈ য়ালক্নবগী দমক ঐনা ঙসি ঈশিং চাইবী-তুনা নিংথিনা শেম-শাম্নিবনি। লৈ, নখোয়সু শাৎলো ?

থোইনাও :- (মরক অহুদা) মোমোচা, লাওনে ফীলম করব। লাকএ: T.V. দা লাওনে য়াম্না ফুংঙাইরে !

মোমো:- ঐবুন্না থোইনাও ?

থোইনাও:- মনিপুর ফিলমনে।

মোমোচা:- অওইবগী লাকপরমে ?

থোইনাও:- অওইবগীনে। খাঙক্রগা স্নেংজক লাওনে।

মোমোচা:- মনিপুরগী ওইরবদি করি ফিলমনো ?

বোইনাওঃ- অহুবুরো "পুন্সিনা পুন্সিগীদমক, হায়বা ফিলম-
ছুনি। লাও, য়েংসে।

মোমোচাঃ- হোই।

(তিভিদা লাকপা ফিলম অহুগী ঈশৈ শকলকই)

ঈশৈঃ- পুন্সিনা পুন্সিগীদমক।

শৈরেংবা Sh·golsem Indrakumar Singh
Kalakar Kh Joykumar Singh

মোমোচাঃ (মরক থংনা) অদিদি রেডিওদসু তোইনা লাকইনা

বীনোদিনিঃ (ঈশৈ অহু লোইত্রিঙৈ, কৈংথেল চংথিবা হল্লকই)
কনা কনানো ? T.V. কাহুদা লাংলিবহুনা ! এঃ
মোমোচা নখোয়ানা য়েংবা হৈরোই চংলু-চংলু, য়াম্না
চথাই। সোকাদো মোংলনি। নখোয়না ফমনবা নত্তে।

বোইনাও;- ইমা, য়েংনিং ৎৌরিনে। য়েংশনো ?

বীনোদিনিঃ- হে অপংবা অঙাং নথক্তা য়েংবা য়াত্রা ? মী
চংহন্নবসু। নচীন্দো পাত্রা ? চংকনু হায়বা য়াত্রা ?

মোমোচঃ- (থোং হাংহুনা থোকখি) বোইনাও ঐ চংলে !

বীনোদিনিঃ- থোং অসি লোনশনলু হ্‌য়ুংথৈ চংহনগনুকো।
মথোয় চংবা য়াম্না মোংলি। নঙ নথক্তা য়েংঙু।
(T.V দা ঈশৈ শকপা লেপখি)।

"৭সুগ্ন সিন"

## মুংশিবা মিউজিক

মোমোচাঃ- (পুক্লিং মুংশিনা মহুমগী ডাম্পিদা মখোং য়াম্থহু-না হিক হিক কপ্লি) ঐগীসু পাবা.দা লৈন্নবব দ ইম্মানা অমাক্তা ওইন্ন্দিবসি ওইরমলোইকো ! ইমানা ওসি মীগী মুং থুগায়বা চংলিংগে চংলমলোইকো, পাবা নওনা লৈরমলবদি !

বীনাঃ- (থর হু মুংঙাইতনা মহুমদা চংলকই) মচাঙ্ক মওংদো উবদা) ইবুঙো নওবু কবি তৌরবগে নপী তাম্থনা ম্যংগোল ডাম্পিদা নখোং য়াম্থহুনা কপলিদ্রুবু ? (মচানা হোই হাইদনা তুনীম্না লৈবদো উরহুনা) ইমুংদা চংলসি ইমা. ওসিদি অচাপোংবসু লৈরক্তরে জেংমক, পুরকএঃ মংখ্রেয়গী খিকাদো কেদৌগবনো থংদে। ওসি ঐখোয়গী পৈশা পীগীনি হাইগো পীর-ক্তরে খিকাশিংগী হৌনবী থুংসুমন পী নিংদবীদো হৌর-মাম্মে। য়াসু ওহোক্রা য়াখত্রে ইম্মাদি মখোয়গী মুং হোমদ্দো। নত্তে ইবুঙো, নওবু করি তৌরবগে ? ইমাদা হায়মু ! নমাইদো ইপোম পোমলিবহুবু ? ইমাবু কন্নানা করি হায়রক্কবগে ? সে ইমাদা পেংনা হায়মু সে। অত্তে নওবু চাক শাম্নবরা ?

মোমোচাঃ- কনিহু তৌদে (পুক্লিং মুংশিনা)

বীনাঃ- করিস্নু তৌদে হাইরগা নম্রিং পোম্বলিবহৌদি ?
নত্তে নঙবু করানা করি হাইরক্লবগে ?

মোমোচাঃ- মীনা কৈস্নু তৌদে হায়রগা ! স্নুম হংই !

বীনাঃ- অহৌদি ইমুংদা চংলসি লাও, চাক-থোংনবা তৌরসি ।
ঙসিদি নোংমাইজিংনিনা নঙগী ফিরোংজদো সুকীগে,
লৌখোরকউ ইমাদা । (মরক অদুদা)

তোম্বাঃ- (ওকো গরি থৌজিনলকই, য়াম্না হরাওনা কিংনা
ঙা অচৌবা অমা য়াম্দুনা) মোমোচা, মোমোচা,

মোমোচাঃ- কাকা ঐ – সিদা লৈরে !

তোম্বাঃ ইনাদি মোমোচা !

মোমোচাঃ- ইমুংদা চংখিবনি কাকা ঙাসি দ য়াম্না চাওইনা কাকা !

বীনাঃ- তোম্বা, কৈদৌরগে অত্থুক কিংলিবন্থু ?

তোম্বাঃ- ঐগী খবক য়াওরে ইতৈমা,

বীনাঃ- থাজদনা নঙদি করি খবক য়াওরিবা ?

তোম্বাঃ- AIRগী Exam অমা 1994 থা—6—তাং:15দা
দিল্লিদা য়াওরক্লনি ॥

বীনাঃ- হৃংজাইরেদা ইনাও ইবুঙো, অদুনা অচুম্বা ওইরবদি

তোম্বাঃ- অচুম্বনে ইতৈমা, চেংসিদা য়াওরিবগে স্লোঙনে ?

বীনাঃ- নঙদি কপায়দগী পৈশানো ওক্তোকা য়াম্না পাইরমসি ।
পৈশা কয়াদি পীখিবগে ?

তোম্বাঃ- (নোকই) ইতৈমা ঐস্নু জ্বীবনি । খবক অদুদা ;

তোম্বাঃ- (পেন্দম্না) অথুবা মিৎয়েংদা য়েংলিবা। হে মীওইবা।

বীনাঃ- তোম্বা (হিক্না কপলগা) ঐ-গী নহা অমনি মরম অহন্না ঐমা ওঙ্গি মৈচাক অসি ফংগিবনি তো.ম্বা.

তোম্বাঃ- ইতৈমা।

বীনাঃ- নঙসু নোংমদি ইতৈমগীসিদা। তোইনা লাক্লীবা মখৈ মীবা সোইদনা তারকখিনি তোম্বা! নহাক লানজ'ব্রগা অকবতা থনলিবা পাখং অমনি. মৈশা অসে নঙোন্দা ক.ননিংজে (হিক হিক কপ'পা।

তোম্বাঃ- (থম্মোয় নিক্না) লাইববা কনা! লৈরুজবা ঐখোযগী থম্মোয়না কয়াদা চমনা খনলুবা।

বীনাঃ- মসিবু ওইখোকপা। য়ুবা রাকমলা! (হিক্না কপ্লগা)

(মথক্তা, লোনজবা)

(মরক থংনা মতৈ অহনগী সুপীঃ -)

বীনোদিনিঃ- (তাসম্ব হায়বগুম) করিবু তৌজ শারিনো অসিবু! ইংখোল অসি সুপা নহা লৈতবদৌনা কয়া দা মনিং তৌরিবনো। মিং অসি য়েংনিংজে

(মরক অহুংদা)

বীনাঃ- (মচেগী বা অহু তাহনা থম্মোয় নিক্না) তোম্বা, নঙসু তারবরা? অহুবু ইতৈমদি 'লান্দবনিনা কনাসু কিদে তাংননিংবা মখৈ তাংজসু, ঐখোয়না লানলুব্রগা লোইরে।

তোম্বাঃ- ওঃ (থম্মোয় নিঙ্গা) অঙকপা মীরাগী নোংদৈ নুংশিং ওস্থোকুস্নু কম্না শিংলিদা। (মথন্তা শোনজবনি)

মোমোচাঃ- কাকা বরি তৌরে তুমিন্না লৈরগা পি তৈ-থোকইদি ?

তোম্বাঃ- মোমোচা কাকা করিস্নু তৌদে। নঙ কুন চৎপা লেপকন্নুকো ?

মোমোচাঃ- কাকানা নুংতিগী ওক্তোদা লৌবা লাক্লীবনিদি।

তোম্বাঃ- হয়েংদগী কাকা অমুক লাক্লরোই।

মোমোচাঃ- হয়েংদগী কদায়দা চৎকদৌরিবা

তোম্বাঃ- ঐ-হয়েংদগী থারি থৌবা লেপঅনি।

মোমোচাঃ- অদুদি ঐদি কনানা কন্দনা থিনবীনি।

তোম্বাঃ- কাকাদি মফম অসিদা লৈবা য়াদ্রে

মোমোচাঃ- (হিক্লা কপলগা) ইমা কাকাব কদায়দা চৎলু হাইরিবনো ?

বীনাঃ ইমাগী মোমোচা নঙ কাকাসে নুংশিষরনে ?

মোমোচাঃ- ইমা, থরাংগী বোইনাও, মিমীচাহোইনা হুয়রীবা কাকা তোম্বলে ঐগী খ্বাবা অক্তোনবনি হাইরিবা।

তোম্বাঃ- (ওক্না) মোমোচা,

বীনাঃ- (মচাগী বা অদুদা) মোমোচা, নঙ অদুগুম্বা রাদো অমুক হন্না হাইগনু! (হিক হিক কপপি) (থুৎপাক্না থাই)

মোমোচাঃ- (হিক্লা কপলগা) ইমা ঐ অমুক হন্না হাঙরম্নোই নঙ কপকনো ইমা, ঐ য়াম্না য়াইয়ে ।

## "চন্সুবা সিন"
## মুংশিবা মিউজিক

য়ইমাঃ- (শাওনা মনাও হুপী বীনাদা) কান্নদে বীনা অমুক কুইবা মতমদে খংদা উদা শাক্কনা লৈরকপনি ! অহনা ইংখোল অসিদদি লমচৎ নাইদবা উমজোলগী থবক অসি তৌহননিংদে। লৈকাই ময়াম হৌহনা তাক্রীডৈ-দা নঙ চংহৌবনা ফগনি ঐনা হাররিরসিনি ।

বীনাঃ- (য়াহৈ অতুদা) হাইবীরিববিবু মংগ হান্না ইতৈ, ঐবু কনাদা কয়ি লানশ্রবগে ?

য়াইমাঃ লানবা লান্দবা থংদে লৈকাইগী নহারোল হৌরক্র-উৈদা নহাক চংহৌবনা ফগনি ।

বীমোদিনিঃ- (মরক থংনা) পিশকা নৌখহুনা কান্নদে, ইংখোল অসিদা ওকতবী হুপী লৈবা য়াদে হাইরিবসিনি ! ওক্লো খোবা নিপাছুম্: লৈকাই থংলে হাইবা থংল-মাগে লাকখিদয়ে লাক্রবাদি কৈন্যা কৎকে খনবনি ।

বীনঃ- ইচে ঐবু বৈদোৱবগে ? ঐবু কনাদা কৰি লানগ্ৰবগে ?

বীনোদিনিঃ- নঙনা নুপী ঐখোয়গে লোইনা চেহৰুমদোরি ! নখোয়নথি কনাগী থংলোই উরোই হাইহুনা তৌরিবা ? লৈকাইগী মখিৎ পারে, নগা তাইএ নখোয়গী লমচৎ শাজৎ অদো ইমুং মনুংগী মী ঐখোয়না ফাউবা য়েংনিংদে থংলবরা ? লৈকাইগী মীনদি কৰি এইরবগনি ।

বীনাঃ- হায়রিবসিবু ঐবু ভাপ অমা ইতা তাত্রে ।

বীনোদিনিঃ- কৱায়দগী তারনি হল্লানবা মী অমগা লেল য়োর-ফাউবা ঐ হয়ালবনি হায়খিবা লৈত্তে ।

বীনাঃ- নুপাগা নুপীগা ম চিন মনাওগুম ইচম চম্না তিৱবগীসু চ য়াদবরা ?

বীনোদিনিঃ- মতু শীনবা রানি । নুপীগা নুপাগা ইচম চম্না তিন্নবা সুকয়া য়াদে তিন্নবা তারবন্দ্র সমাজনা সুকয়া য়াদে লায়া উই ।

খাইমাঃ- রা য়ায়া ভাংনহুনা কারদে লৈকাইগী মীনা রা-রা লাওড্রিডৈদা নশানা থংনা চংখো হ য রবসিনি । ইংখোল অ সিদা মীতোপ নিপানা শাগৈ ওনবা য়া-য়ে,ইকো থঙ্গ । ঐদি নংবু নুমী তোবনি নংনা অসিগুম্বা লিচৎসিদি চৎলমগনি থংদবনা

বীনোদিনিঃ- অসেংবন্নি ইকৈম্বা, নুত্তৈনা হায়রবগে । নঙবু হুংশিন্না হায়রিবনি । ইনাও নুপা অহুগী ফিরোই

বীনাঃ- ইমাগী মনা, ইমা, পোগে, নঙন্দু ইমাগী ইচা ওইনা পোক্লবনিনা ইমাগী অরাবদা নংন্দু য়াওরে। ইচানা মরম ওইহনা ইমা হিংনিবেনি (লোংথংকই) নোং নঙবু অমুক্তদি লেপখোগবা কৈদোইঁ? ইমা, ইচাগী ইতোসে নখোয়ন্দু য়েংলগা লেল্লীবরা ? অস্সুম্না হিংবগী মহুত্তা ইমা ইচাবু লৌশনবীরোনে। লাইরবা কনা লৈজত্রবা ঐখোয়গী হিংফম কদায়দনো ? হে ইশ্বর নহাক্তী লাইরবা কনা লৈজত্রবা অতোনবা কয়াগী মরুপ নি হাইবদায়। অদুগা ইমা ইচানা অস্রুক য়ারবা মতম-সিদা। নহাক্তী কদাজ্রদা লৈবগে ?
(হিক্লা কপপি, লোং থাকই)

মোমোচঃ- ইমা ঐ য়াম্না কিঐ, কদায়দনো ইমা নঙনা চৎলিবসিবু ? ইমা, ঐখোয় বাবা লৈরমলবদি ইমানা কপলিবদো কপলমলোইঁকো ইমা

বীনাঃ- ইমাগী ইবুঙো নঙগী লাইবক:স ওন্থোক্লো থিপ্রেদা।
(নোংলৈ হুংশিং লেপত্নু শিংলি নোংন্দু থাকই)

মোমোচঃ- ইমা, নোং চেৎংন্দু, ঈংন্দু য়া[illegible] ভু, অস্রিদা উরিয়া মম অক্লিদা ঙাইহাক্কং লৈরক্লিদা ইমা।

বীনাঃ- (পুক্লিং নুংশিনা) অহিং অমিদা [illegible] ইমা, ইচাবু কদি হাইগনি। অদুবু ঙাইহাক্কং লোয় থুপসুবা হাইবহুনি।

মোমোচাঃ- ইমা ঐখোয়না চৎলিবলিবু কদায়দনো ? য়োৗগদবা কয়াম য়াংলিবগে ?

বীনাঃ- ইমাসু মকম খংদ্রি । অঙবু মোইরাংদা ইমাগা পোকমিন্নবা ইদোমচাগী মচা অমদি লৈরিবনি ।

মোমোচাঃ- ইমা ঐ মাম্মা নিংথমলে । মখোয় ইমুংসে মী লৈতবা জাংলা ? ফো অমত্তা পীয়ু হায়রুবা ইমা ?

বীনাঃ- ইচাবু য়াম্মা ঈংলথরনে ?

মোমোচাঃ- অং য়ম ঈংলে ।

বীনাঃ ইমা, ইচাবু অহিংসিদা মীনা কর্মি থজদনি ব মতম-নগা ফত্তবনে, ইমা ইচাবু অমুক ! ফরে কৌহুমা রেজদি মোজগে । মুমলিবু কনা লৈরগে ? মুমসিবু মী লৈজবরা, (মথক্তা শোনবৈ) মী লৈতবা জাংলা কনা অমত্তা থুমলক্কেনা । (নমক অহুদা হুই খোংলকই)

মোমোচাঃ- ইমা হুই কিরঃ ।

বীনাঃ- কশিগু তৌরেই ইমা লৈরিবসিদি চুমা খোঙজবনি খোংজশমু মথৌনি । (মথক্তা) মীদি লৈরবগুনি হুই লৈ । অমুক কৌহুমা য়েংথিগে ! (খেং দৈয়ুনা কৌই) মুমসিবু মী লৈতবরা ?

লৈবাক্লৈঃ- (চহি য়াম্নবা অহনবি) (মথক্তা শোনবৈ) কনা লাকপগীনো হুইসিবু ওস্থোকা খোংক্রেদা মী অমগী মখোলসু হাইফেং তাখি । তোম্বতুবু হনলক্লবা মাংলা

নোংমিস্থ ওন্থোক্লা কম্না কুইনা চুথ্রেদা, । কনানোনে অথেংবা অহিং অসিদ্ৰা ?

বীনাঃ- (মী লৈবগী শাহম ফংলবদা) মুম সিবু মী লৈবগো ?

লৈবাকলৈঃ- লৈঃ কনানো নংবুঁ (মথন্থা)

বীনাঃ- ঐখোয়নে ।

লৈবাকলৈঃ- ফুগীস্থ মানগুম তোই । অহিংসিদবু কনানোনে । মতম্নঃশা কত্তবনে ?

বীনাঃ- থোংসে অমুক্তা হাংদোকলীব্ব ।

লৈবাকলৈঃ- কনানো নওবু ? অথেংবা অহিং অসিদা মোংলা মঙোলম্না চুরিব্ব ।

বীনাঃ- ঐখোয়নে কি অমত্তা লৌজগে ।

লৈবাকলৈঃ- অহনবগা ওইরকপাসিদা মী মপাককা থাক্রেনে ? (থোং হাংলোকই) (নোঃ থাকলকই) কনানো নখোয়বু অহনবকা ওইরকপসিদা লিংনা ঔ হুই-চেই হয়ে !

বীনাঃ- মঙোল মচিসিদা ওসি অহিংগিনা লেনজখিগে । কি মচা অমত্তা পীবীযু অভাংগে য ন্না ঔগে ।

(পুক্লিং মুংশিহ্না হিক হিক কপ্প

লৈবাকলৈঃ- (ওক্না) কিবুদি লৈ পীগে । অঙাংসিবু ইবেম্মা নংগী নচান্না !

বীনাঃ- হোয় ইমা, ।

লৈবাকলৈঃ- অস্থক খেংলবা অহিং অসিনা নম্না নচাবু

কদায়দা চৎলুখনো ? নোং মুংশিংনগা শিংগনে, অখাক অরাওনগা কনবনে । নক্ষে নমা, নচাবু কনাগী ইমুংনো কদায়দা চৎকদৌরিবনে ?

বীনাঃ- মোইরাংদা চৎকে তৌবনি ইমা,

লৈবাকলৈঃ- অমুক থেংলবা অহিং অসিদা চৎলু হাইহুনা থারক্লীবা মখোয় ইমুংদুবু ভাওবারা ? অমুক থাক লাওনা চুরিবা নোং মুংশিং মরকসিদা — — — । সে - সে নমা নচা থিসে অমমম ইনলো । ফিদি চোত্রা, হোংদোকউসে । ইবুঙো মিপামচা, নংগীনা খুদৈসে হোংদোকউ । চোৎলবদি মাগনি নহনগনু ।

মোমোচাঃ- ইমা, ঐখোয়না লৈরিবসিবু কনাগী য়ুমনো ?

বীনাঃ- (পুক্নিং মুংশিহুনা হিক হিক কপলকই)

লৈবাকলৈঃ- ইবেম্মা করি তৌরে তুমিন্না কপলবদি ? ঐগীদি কনাসু লৈতে ইকাইকনু ! ইচা নিংঙোল অমা লৈ, মমুম পানখ্রে, নোংমতা লাকউ য়াদে । হাইদা হাই-কনগা ঐবুসু অদা লৈরসি লাকউ হায়হুনা ইতং তংতনা লৌবা লাকই । ঐনা য়াদহুনা চৎতে । ইপুরোইবনা থম্মীরম্বা মফমসিদা নত্তনা ঐ অতৈদা শিজনিংদে অহৌবু ইচা মুপা পোকতবা হায়বসে মুংদি ওম্ফোক্লা মুংঙায়,খত্রেদা ? অহৌবুনে ইশ্বরনা তম্বা হায়বহুনি ইবাগী অরাবসে উবীহুনাঃ কনা লৈজদবা

মম্মা মপাস্থু লোইনা শিখরে হায় অশেংবদি ইমাস্থু থংদে। তোম্বা কৌবা নিপা মচা অমা ইমাগীদা লৈ। মপুক্‌চংসু য়াম্না চুমই। মহাক্‌ মতম থরদি ইমানা ওক্কো লৈবীদুনা থোহনবানি তু, আদা লৈরিবা ওক্কো অসি মানা থোরম্বনি।

(মরক অদুদা)

মোমোচাঃ- অসিদি কাকা তোম্বুনা থোরম্বা গাম্রিদো মানপ্রেদা।

(মথন্তা নোনজবা)

বীনাঃ- তোম্বাগী গারি।

লৈবাকলৈঃ- অদুবু নিপা মচাদো য়াম্না কৈ, হোৎনবসু য়ম্না কল্লি অদুনা সরকারগী থবক অমা ফংজদুনা মশা কোমজরে। ঐনা মাগী মতৌ অদুদা হুংশিহনা হংখোক্‌সে তংথায় অমদি মঙোন্দা পানবীরে।

বীনাঃ- ইমাগী ইচা চুপীদুদি য়াবরা ?

লৈবাকলৈঃ- ইচা নিংঙোলদো মচনদা মচনদৌনা লুনা তৌই, ইচা নিংঙোলদুনসু মবুংতা মবুংগুম লৈমিন্নে। চহিগী চৈরাওবা খুদং মবুং তোম্বগা ফিরাল কয়া খিল্লকই হোন্বসু চহিগী নিংঙোল চাক্কৌবা খুদং মচগী অপাম্বা পোৎ-চৈ লৈবী, মীনা হায়নৈ। পোকমিন্নগা ফাউবা অস্থুক লুনা তৌনদে ঐসু পোক্তবা ইচানি হায়বা থংদে। ভরাং মখোয়গী ওফিসতো থবক থরা চিনগি নুমিৎ নিনি হুমনি লৈরকনী হায়রমই। অদুনা ইমা তুম্বা

ঙমলিবনি ইমাদি মাবু ঙাথহাক্তং উদবদা লৈবা ঙমদে।

মোমোচাঃ- ইমা ঐখোয়গী য়ুমদো কনা লৈরমগনি ? কাকা তোম্বদো লাক্তবা কুইরেকো।

লৈবাকলৈঃ- নমা নচা লাও, ইমুদা চংসি নোং ঙানগদবস্তু রংলি। হয়েং নিংথিনা নোং ঙাহৌবা চংলো গারিস্তু লম্বীসিদা লাকদৌরিবনি। ইশুসিঙ্গুম ঙাম্মলনি। নোংস্তু হাংববুদি হাংখরে। চংঙ চংঙু ইমুংদা।

# "১০সুবা সিন"
# মুংশিবা মিউজিক

(অয়ুক অঙনবা মতমনি উচেক পী থাদোই থোংই ১দি য়েন থোঙই।

থীনাঃ- (ঙথক্তা শোনজৈ) ঈঃ নোংচাল্লেদনা ? এদ কয়দা খুংডাংদা তুমলুরবনো ! হঃ ইমাগী মোমোচা, কয়দা মুঙায়না তুমখিবনো ? মমা ঐগী অরবসে পিক্লীবা ইচা নংস্তু ফলবনিকো। গংবিস্তু লাকখিরোই। ইমা সিগ্গী তেং খরা চৌরমগে। শুমজিলনা কদায়দা লৈবনো ? খুরা চফুৎনা কদোমদনো। (রাইরম শিং শেংই)

লৈবাকলৈঃ- (মিৎকপ-থ্রোক্তুনা, ফমুংদা অহন ওইবগী ভায়হাক হিপডুনা লৈ) । মুপী মচাহুন্না তৌরিবা থবকতু য়েং-হুনা তুমিল্লা লৈ ; (মথন্তা শেন্নিজে) এঃ মুপী মচাশিনা রাইমমকা লোয়ন্না শিং-শেংহুনা, শিং নাম্না থমবীরে । ওরাং অহিং লাক্লীবী মশক থংদবী মুপী মচা অসিবু ওস্থোক্রা চু ফিম্নান চায়দা । মশক্লা মরোলমা ইংলিবা । ঐবু মংলনে তৌরিবসিবো ?

বীনাঃ- ইমাগী মোমোচা, মোমোচা ।

মোমোচাঃ- (তুমলমবদগী হৌগংলকই) হুঃ

বীনাঃ- হৌগংলো থেংথরে । গারি লাক্লনি ! ইমা, নমাই নমিৎ তাথোকপীরগে ! (ঈশিংনা মমায় মহিৎ তাই) সে-সে ফুরিংসে লিংসনলগে থেংথ্রগনি । গারি লাক্লনি ।

মোমোচাঃ- ইমা ঐথোয়বু কদায়দা চংহোয়নো ?

বীনাঃ- মোমরাংদা ইমাগা পোকমিম্নবা ইদোমচাগী মচা অমা লৈখিবনি । মথোয়দা, চংকদৌরিবনি ।

মোমোচাঃ- অদুদি মথোয়দি নোংমতা ঐথোয়দম্ লাক্লনা ? ঐথোয়বু মশক থংগজনে ইমা ?

বীনাঃ- করিম্ভী থংদনি ইনাওহগী মশকপো । থেংথ্রগনি চ লসি সে, নবোকতনে চংলগে হায়রময় ।

মোমোচাঃ- ইবোক ঐখোয় চৎলগে ?

লৈবাকলৈঃ (নিংঙমদনা) ঙাইখোনহে, নখোয়বু । ঐদি নখোয়না হৌগৎপকা থংহৌদরে ঙায়থো নমা নচাবু ঙরাং অহিং অথেংবন্দা রাকা অমত্তা ঙাংনখিদরে ! রায়-রমকা য়াম্না নিংথিনা তৌবিরমলে । ইমানা অহনগা ঙইরকপগ্গা । 'লম-তু নানবা ঙমগ্রে ?' ঙায়থো নখোয় নমা নচাবু কদায়দা চৎকনী হায়রবা ?

থীনাঃ- মোইরাংদা ।

লৈবাকলৈঃ- মোইরাংদদি কনাগীদনো ?

থীনাঃ- ইমাগা পোকমিন্নবা ইদোমচাগী মচা মুপী অমথক লৈথি, অন্দা চৎকে তৌবনি ।

লৈবাকলৈঃ- নত্তে, নখোয়বু কনাগী ইশুংনো কদায়দগীনো ?

থীনাঃ- ইমা রাকম অসিবু কয়রম্না হায়রসিগে ।

(তুমিন্না মপি ঙৈথোকই)

লৈবাকলৈঃ- করিগী চিংনম্নিবনো ইবেম্মা । ঐহ নমাগুম্বীনি ।

থীনাঃ- (হিক হিক কপলকই)

লৈবাকলৈঃ- করিগীনো নংনা কপলিববু ?

থীনাঃ- ইমা, ঐগী মামিলে কয়রম্না লিগনি । ঙাথীনবা লৈত্রবা ঙসিগী ঙাইথং অসিদা করিবু কাজনি । রাকৎলুবগী (হিক্লা হিক্লা কপপি) ।

থোমোচাঃ- ইমা ঐখোয়না লৈয়িবা মুমসিবু কনাগী মুমনো ?

ইমা ঐ-চাক য়াম্না লামলে য়ুমদা চংসিবা ?

বীনাঃ- ইমা ইচাঁবু চংজফম পীবীবগীদমক্ত ইমাগী লমন তোনলবনি ।

লৈবাকলৈঃ- হায়হৈদে (২) ইবেম্মা করিগী লমননো অহিং থেংনা লাকপনিনা চাক্তা অমত্তা চাখিদরে । ইমা য়াম্না নুংঙাইখিদরে । চাক চারগা নিংথিনা চংলো । গারিগী গারি ঙাক্তনি । হাওবা হাওতবা ইমাগীদি কনাস্থু লৈতে নঙনা হেক্তা থোংলগদৌবনি ।

বীনাঃ- মতুংদা চারগে ইমা,

লৈবাকলৈঃ- ঐবু য়াম্না নুংঙারহৌরয়োইদৌরি ইবেম্মা

বীনাঃ- করিস্থু খনলুহুদা ইমা ।

লৈবাকলৈঃ- করে (২) নমা নচানা য়াত্রবনিনা চংলো চংলো । ইবুঙো-মচা সে সৈ লুপা ৫০ সে নমা নচাগী গারি ভারা ওইনু ।

বীনাঃ- য়ানিদা ইমা, য়াওরিয়ে ।

লৈবাকলৈঃ- নথোয়গী য়াওবতুনা য়াওবনিদনা । সিনা ঐনা পীবনি । লে লৌশনলু ।

বীনাঃ- (পুক্নিং নুংশিনা) য়ানি ইমা, ।

লৈবাকলৈঃ- (পুক্নিং নুংশিনা) ঐস্থু নিংঙোলনি ইবেম্মা । নুপী ওইবী'শংগী অরাবদি নুপী ওইবীশিংত্না খংগনি। ইচাগী মাইথোংদা তারিবা হায়নিংঙাই লৈতবা অরাবা

মাইথোংদা ইমানা উইনে। নঙনা ভুরাং অহিং অথেংবা অতুদা নোংনা থাক লাওনা চুববা মতমতুদা নংনা ইমাগীদা চংলকখিবদো। নীংকুপ অতুদা ঐগী খঙ্মোয়দা করি খল্লমগনি ।। অঙাং অমা য়াওজরবসু চহি ৩০মুকতা শুরিবী ইচাগুম্বী নতবু (হিক্লা কপ্‌্পা)।

বীনাঃ- (পুক্রিং লুংশিনা) থংদে ইমা, পুম্নিংসে কারি হায়গদৌবনো?

লৈবাকলৈঃ- নঙনা হায়গ্রাম্ব ইমানা লোয়না থংলে চৎতি চৎলুরো মোইরাংদা হায়দো। করিগুম্বা নাইত্তে চাত্রবদি ইমাগীদা চংলকউ। ইমাগীদি চাউখ্রবা য়ুম অসিদা ইচা পাথং অমগা ঐগতমি লৈরিবা? তোম্বনা ওক্তো খৌরিবৈদা মুংতিগী ইনশাং অহাওবা অহুম লৈরকই হৌজিক্তী থবক অমা তৌখিবদগীদি থাগী ওইনা পুম্না (২) লৈশনলক্লে। মমা ঐবু ওক্লাক্লা লুনা তৌথ্রপোৎনি। ঐসু অপোকপা ইচাদা ইচানি খন্দুনা ঙসি ফাওবা...। কনামতনা পোক্লবা ইচানি থংদে।

মোমোচাঃ- ইমা, গারী অসি কাকা তোম্বগী গারীদো মাদ্রা? MNA 1508।

(মোমোচানা হায়রিবদু তাদনা)

লৈবাকলৈঃ- চৎলো-চৎলো গারি মথেল তারক্লে

(তনজা মহুদা গারী লাকই)

বীনাঃ- মোইরাং গারীনি ইমা।

লৈবাকলৈঃ- ইবেম্মা তনজা চ'ন্দ্রবদি ইমাগীদা লাকউকো।
(গারী থাবই)

বীনাঃ- ইমা অমুক চৎলুখিগে ?

লৈবাকলৈঃ- ইবুঙো প্রাইভর মোইরাং রৌগদোৌবনি মমা মচাসে। নিংথিনা হাপপীয়ুসে। (বীনা মমা মচানা গারীগী মনিং থোংদা কাখি। তোম্বনা গারীদুগী মমাঙ থোংদা কুমথরকই বীনাগা উন্নহোদরে)।

লৈবাকলৈঃ- (মথন্না শোনজকৌই) মতমনগা ফত্তবনে কদায়-দনোন মমা মচাছবো ? (তোম্বনা গারীদগী কুম-থরকপা অত্থু উবদা হন্নাওনা) ইচা তোম্বসু লাকএদনা

তোম্বাঃ- ইমা এ লাকএ।

লৈবাকলৈঃ- ইচা লাকএদনা।

তোম্বাঃ- থবক মফম অত্থুদা নোংমা নিনিদা লৈবদো, মামা কুইরবায় নিংই। তুধা চাবকা য়াদে ইমাগী মথলদা থবক মফমসু অনকপদা তারুবা হোৎনরিবনি।

লৈবাকলৈঃ- ফরে-ফবে ব্রামনি কি হোংদোকউয়ো।

—(০)—

## "১১সুবা সিন"
## ঙাইহাক মুংশিরবা মিউজিক

তোম্বাঃ ইমা, ঐখোয়গী মল্লিং ময়াম্নে ওন্থোক্লা নাম্ময়লেদা। ঐখোয় ইমাসে অহন ওইরগা থবক য়াম্মা তুরকএঃ।

লৈবাকলৈঃ- ইবুঙ্গো ইমাগী মংলা হায়রা থম্বদ্রা, ঙরাং অহিং নোংমাইজিংদা থাক লাওনা চুরিবা নোং-মরক্তা নিংবা কাইরম্বা, অল্লাবতনা মশঙ্কক ওইরকপা, নৌরিবী মাগী মায়খোংদা হায়নিংঙাই লৈতনা যাম্বা শকতম পুক্না ওল্লি অহিংসিদা লেনঙ্খিগে হায়দুনা মমা মচা লাক্লমই।

তোম্বাঃ (ঙক্লা) ইমা মমিংদি থংহৌদরা ?

লৈবাকলৈঃ- মমিংদি হায়রমদে। ঐনকমদি থাংমৈবন্দমীনি হায়রমই

তোম্বাঃ- (নিশিংজক্কন্না মথক্তা শোনথাংলা)
থাংমৈবন্দমীনি হায়রবা ?

লৈবাকলৈঃ- 'পিক্লীবা মপা মচা অমস্থু য়াওই ইমাদি নঙনা অচ্চাং ওইরিবৈঙেদা, ইমাগা খেংনখিবদো নিশিংজক্কন্না কপলুরবনি। মমা মচানা অহিংচুমথক্কা লৈরমবদা ইমাগী ইমুং অমদি মল্লিং ময়ম্না কয়াদা তরু তরু নিংথিনা থম্বীরম্থরে। অদুগা মমা মচা অদুনা নঙনা থোরম্বা ওক্লো গ্যারী অরোইদা মুমা য়েংদুনা মপিম্মু থৈখোকখি।

ইমাদি মখোয়গী মতৌদো মুংঙাইখিদ্রেদা।

তোম্বাঃ- গারী উরগা মখায়না করিগী কপলিবা ?

লৈবাকলৈঃ- করিগী মখোয়না অথেংবা অহিংদা চংলিবনো ?
ইমাদা হায়রম্ম ছায়বদা, অচুম্বা লৈতে লম মচেং অমগীদমক ইরাল কয়ানি মখোয়না ঐবু হায়নীরিবা ? ওসিগী তাইবং অসিদা, ইমা ইচাগী য়ারিসে করিবু কায়নি লিরবগী অসুম্বা মমিত্তুগী মপি মতুম মতুম, মখোয়গী মতৌ উবদা ইমাদি কপপু কপনিংই।

তোম্বাঃ- (ভাইওমদনা) মখোয় অতুদি ইমা ?

লৈবাকলৈঃ- চংখিবতা ঙায়দ্রি। নওনা লাকপা গারীদুদা
তোংখিবনি।

তোম্বাঃ- কদায়দনি হায়রমই ?

লৈবাকলৈঃ- মোইরাংদা মখোয়গী মদোমচানা পোকলম্বা মুপী
অমা লৈখি হায়, মখোয়দা চংকনি হায়।

তোম্বাঃ- (মথন্তা শোনজে) শোইদনা ওইরমগনি।

লৈবাকলৈঃ- কনানো নংনা ওইরমগনি হায়রিববু ?

তোম্বাঃ- (পেন্দনা) অকনবনা অশোনবগী চাকথাউ মুনবা, মখোয়তগী ওইনিংবা কাংবু ! নোংমা নত্রগা নোংমদি অকনবা অচুম্বা শারিবা মখোয়গী মথক্তা য়াম্নেন চৈরাক পীরকখিনি। কাকনা অপিকপা উচেকশিংগী মচা শেং শেংমুনা চাই। অদু ওইবা তায়বম্সু হৌজিক্তী

অকনবা ক্‌,কশিং অদো ঐখোয়গী লৈবাক অশিদা মশিং রাশনলক্লীবনি। মখোয়গী থাক্লা নোংম নোংমগী মুংশনলক্লী হায়বসে মখোয় থংজ্রে।

লৈবাকলৈ:- তোম্বা, ওসিগীদি পোৎথরো। ইমানম্ভ হায়খিবনি। নমা নচা নাতৈ চাব্রবদি ঐগীদা লাকউ হায়না।

তোম্বা:- ইমা,

লৈবাকলৈ: ইবুংও নঙনা অহুক চিংনব্রিববু করিগীনো।
(চিংনবা হুংই)

তোম্বা:- ঐনা গাম্বী থৌরিঙৈ মতমদা (হৌখিবা বারি নিংশিংবা)

বীনা:- তোম্বা, (হিক্লা কপশি) ইতৈমবু রাগৌগম্ভ সম্বাক্সিনা ঐবু কয়াদা লাম্না উহনশিবা। ইপুগ্নোয়বা লৈত্রবী নুপী অমনা কংবা দাশা অদো ইতৈমম্ভ কংশিবনি তোম্বা।

তোম্বা:- ইতৈমা,

বীনা:- নহাক অতোপ্পা শাগৈ অমগী লমলানবা পাখং অমনি। নহাক্লা থম্মোয় শেংনা কনা লৈজব্রবা ঐ অমদি পীক্বা মোমোচাবু কয়াদা লুনা মুংশিবীবা হায়বসে লৈকায়সনা কয়াদা লাম্না লৌরিবা তোম্বা, (হিক্লা কপ্লগা) ঐ মৌ-নহা অমনি মরম অদুনা ঐনা ওশি মৈচাক অসি কংশিবনি। তোম্বা নঙম্ভ নোংমদি ইতৈমগীসিদা তোরনা লাক্লীবা মথৈ মীরা শোয়দনা ভারকথিনিনে, নহাক কনাদম্ভ লাজজ্রবা অফবতা থনশিবা পাখং

অমন্নি মৈশা অসি নঙোন্দা কাংহন্নিংদে ।

তোম্বাঃ- (থম্মোয় নিক্না) লাইরবা কনা লৈজত্রবা ঐখোয়গী থম্মোয়না কয়াদা চমনা থনলুব্রা ?
মসিবু ওটখোকপা য়াবা য়াকমলনে ?
(মরক থংনা)

বীনোদিনিঃ- (ভাসন্থ হায়বগুম) করিবু তৌজ শারিনোনে সিবু ! ইংখোল অসি মুপা নহা লৈতবদৌনা কয়াদা মনিং তৌরিবনো ? মসিবু উশিংতিবা হায়বহ্রা ? ওহোক্না মিং অসি য়েংনিংত্রেদা । (নিশিংবা লোইবা)

তোম্বাঃ- অমুম্না মম্না মচাদো কয়াদা য়াম্না হিংজবা ঐথুহ মনাওবা মবাওগুম কয়াদা জুনা তৌরীখি ।

লৈৰাকচৈলঃ- থংত্রেদা ইমুঙো, লৈবাক অসি থোক্লোক খাখোক্না শিকথক্লে ।

"১২সুবা সিম"
সুংশিবা মিতজিক

লম্বী শোয়োক্তা গাম্বী চৎপগী পুংনিন নিল্লী মীয়াম য়া ওাংনৈ ।

বীনাঃ- চংজফম লৈত্রবা ইমা ইচা কয়ায়দা চৎকন্নি । লম্বী শোয়োক্তা অঙাওবী মমা মচাগুম চৎপা ত্তাম্নবগ্রা ?

মোমোচাঃ- ইমা, ঐ-চাক য়ায়া লামদে। অয়ানসা ঐখোয়না চংলুবা হুয়ুবীদো মখোয়না চংলুদি: চাক কীবরকপরা য়েংলুদি ইমা ?

বীনাঃ- ইমাগী ইবুংঙো ইমাক্তা হৌয়ফম খঙদে। চংলু চংপবু লেপত্রবদি পনথুং অমা লাকচনি।

মোমোচাঃ- ইমা ঐখোয়না চংলিকপিবু কদায়দনো ?

বীনাঃ- কদায়দনো খংদে।

মোমোচাঃ- ইমা, অসি য়ুম অসি মত্রা ওহান ঐখোয়না চংলুবদো ?

বীনাঃ- মাসি ইবুঙো, (প্যারিং নুংশিনা) অতুবু করি হায়রুনা চংলুনি মপুকথোক্তা মচা কাউবা য়েংনত্রবা মতমনি।

মোমোচঃ- হুয়ুবীদো ইমা, লাইববা কনা লৈজত্রবা মীওইবগী চংক্তকম পীবীব মপুক য়ায়া কবা হুয়ুবী ওইরমগনি।

বীনাঃ- (মথক্তা ঙাংজৈ) চংসি কদায হন্দোকসি কদায় করিনো ইমা ইচানা তৌগ দৌবসিব ?

লৈবাকলৈঃ- (তানক্না কদদা মথক্তা ঙাং-ঙাংদুনা লৈরকলোমদা থোধকই) ইচা তোম্বতব কদায়দনো অমুক চংগ্রিবতুনা। মরক অতদা বীনা মমা মচানা কোম্ফোংদা লেপতুনা লৈবদো উবক্লদা) এঃ নহামগী মমা মচাদো নত্রনে অসিবু ? কোম্ফোংদা লেপতুনা লৈরিবসিবু ? ওঃ নখোয় নমা নচাবু নহান লাকলগীদো নত্রনে ?

মোমোচাঃ- মাসি ইবোক!




ছহুবাদো

লৈবাকলৈঃ- (হেয়াওবগী মহুদা লেপতুনা. লৈরম্বু হেক্তা চং- [illegible] মাঙ্গৌ [illegible] করিগী অহুম লেপতুনা লৈরিবনো ? ইচা [illegible]হুম্বু নখোয়বু থিরুম্নি হায়দুনা চংখিবনি । নখোয় লাকলম্মী হায়না য়াম্নি লিরুবদা য়াম্না চুং- ঙাইতনা শোনলম্মী ।

বীনাঃ- (পুক্নিংদো শোনগৈ) ইমা ইচাগী চংজকম পীবীরিবা হে, ইমা নহাকপু কনানো ?

মোঙোচাঃ- ইমা, কাকা তোম্বগী ফুক্নিংতো মাঙ্গ্রা ?

লৈবাকলৈঃ- ইশুন্নি য়াম্না কাওগন্দেনা । চংঙ চংঙ করি- মত্তা কোইরম্বু । নখোয়গী লৈকম লৈত্রবদি ইমাগীদা হেক লৈথোক্লগা লোইরে । নখোয়ম্বু ইমাবু হেক নখোয়গী ইমামক্তী খলম্বু ঐম্বু ইবুকথোকমক্তী হেক ইচামক্তী খনখবনি ।

বীনাঃ- (হিক্রা পুক্নিং মুশিনা কপপি) ইমানা, ইমা-ইচাবু অমুক পোকপীরে ।

লৈবাকলৈঃ করিগী কপ,লিবনো ? কপকম্মুলে, ইমা লৈরিবসিদি । নংগী তরুবী মিৎসনা অনি অহুদগী তারকপা পিদো ইমা য়েংবা ঙমদেনে ।

লোইরবা

## ফোংখ্রবশিং :-

অফোংবা মীশিং

ক) সরং কি নাটক (ড্রামা লাইরিক) এস. মঙ্গী
খ) ঐগী ইমাদি (ড্রামা লাইরিক) এস. ভাবীনি লৈমা
গ) মুং থ্রা চেনবা (শৈরেং লাইরিক) এস. ভাবীনি লৈমা
ঘ) অন ন্দায়াইগী কংথোকপা (য়ারেং লাইরিক) এল. অনন্দয়াল
ঙ) নিংগী মচেৎ (ড্রামা লাইরিক) রতন থিয়াম
চ) মুং লোঙ্গা (উপন্যাস লাইরক) এস. ভাবীনি লৈমা
ছ) হান্নবিদো (ড্রামা লাইরিক) YADA মোহেন্দ্রকুমার
জ) ইবৈ নৈ (ড্রামা লাইরিক) YADA মোহেন্দ্রকুমার

## রেডিওদা সাক্সখ্রবশিং

ক) ঐগী ইরাল (রেডিও ড্রামা)
খ) লো ংজুগী অহিং (রেডিও ড্রামা)
গ) ইমানা মংলম্বা মংলোল (রেডিও ড্রামা)

## ফোংলগদবা

লোংলৈসিংগা জাতিনসিংগা (য়ারি মচা)

Printed at DAYA Press Wangjing Bazar

মমল রুপা ৪০/-